# ইরিক অমতং

( শৈরেং লাইরিক )

অইবা :—

শ্রীমোইরাংময়ুম অমুবা সিংহ

এসিষ্টেন্ট টিচার,

ৱাঙ্গোয় জুনিয়ার হায়স্কুল।

# ইম্রিক অমতং

শ্রীমোইরাংময়ুম অমুবা সিংহ

কোংলোকচবা :
শ্রীমোইরাংময়ুম ইভোবী সিংহ
শামুরৌ বাজার

মমল রুপা ৫·০০

কংলৈথোকপা

কোরৌ খোংবেৎনপ্রবা
লাইরৈপাক্তা খোংদাপ্রবা
মোহন মিংলেন কোলোম্রনবা
ইপুবোক নহাক্তী নফমদা
পম্বোগী 'হৈরিক অমতং'
কচ্চরি নত ঐনা।



অহানবা থুংনম ১৯৮২ ইং—কোপী ১০০০

নম্ফম: সিটি প্রেস, পাওনা বাজার ইম্ফাল।

## বারোল খরদং

ঐগী পম্বৌনা শেরেং পামজবা মীশক অমা ওইবনা পম্বৌ মথামকনু শৈরেং লাইহিরিক অমত্তং কোংগে হায়বা আশাদগী শৈরেং কয়ামরুম ইশিন্দুনা থমজয়কপা অঁহু খুদোংচাদবা মরম কয়াদগী কোংদোকপা ইতম ওমখিদরে। পম্বৌগী খুদোং চাদবসি উক্লবদগী থবায় হুংঙাইমনথিদ-হনা লাইহিরিক অহু কোংদোকপগী পোংলুম অহু কোকথক্তা থোঙচক্লই। থোঙচক্লই হায়বহু মঙাই, শেল থুম লৈতবনা মরম ওইহনা কোং-দোক্লবগী পাঙন্দি হৈরে লৈতবনি। মতা* অসিদা মণিপুর গোভর্ণমেণ্টগী এডুকেশন ডিপার্টমেণ্টনা গ্রাণ্ট পিবিহনা লাইহিরিক অসি কোংদোকচবা ওয়নবা তেংবাং বিরকপা অসিগীদমক ডিপার্টমেণ্ট অসিগী মফমদা ঐনা শিংবা ওল্লরোইদবা লমল তোঞ্জরে।

লাইহিরিক কোংবা

I was inspired to write this poem on seeing a poor futher and his little danghter, both in rags and on starvation, at the Jagiroad Railway station in Assam at one winter night, They had worked hard for a rich man for several months, at very low wages, at some distant part of India but had been driven away unpaid, unclaid and enstarved.

---

# ম্যাঙকম তাকপা

লামাই

হিরম

# নিজবা

লেংশিনবিরক্লো ইমা,

হাংদোকচরি থম্মোয়গী মন্দির

থাজরি ভক্তিগী আসন।

উবিত্রবরনে ইমা

কুমলাং চাওন কয়া লাক

ইমাগী থৌজানতবু নিজবা।

চানবীয়ু নচাবু

মিংসলা পিয়াং হৌনা

তত্তনা মিংথৈবু শোঙবা।

থংজৈ নচানা

মন্দির আসন ঐহাক্কী

মতিক চাদে ইমাগী।

পংবদগী থঙ্গরি

ভক্তিতনা পুঙগে নহাকপু

মিংথৈনবতনা পেনহঙগে ইমাবু।

তাইবংনা উনরি

মানা কেলবা পামেলস্থ

বসন্তগী ঈহৌদা তেকথংলি।

জগৎনা থংনরি

চেংলৌ লোৎপা থায়মুস্থ

লৈরাং খোঙ্গুল থীরকই।

চানবিয়্ ইমাও,

নহাকী থোঁজাল লিক্লাদা

থম্মোয় লৈয়াং শাংচগে।

মতম'ত্নদদি ইমাও;

ফুংশি লৈয়াং লৈনমদো

মালেম শীন্না চায়জগে।



# ইন্নিক অমতং

ইমাগী থম্মোয়দা চেকশিন্না য়োকলিবা
শক্তোমগুম ঙৌরবা আমুতগী ইপোম্মা
তত্তুনা ঈহৌরবা জ্ঞানগী সমক্রদগী
ফংজনিংতুনা ইন্নিক অমতং নচানা
নোম্নকনা চংজরি ইমাগী থুয়াদা।

হুমিং শিংবুম কয়ানিগী মতুং'সিদা
নিংজবা অশানা চায়থবা মতম'সিদা
মিংলুগী না:পামদা অরাবা পিরোয়নবা
গতি/লৈজদে থংনা চংজরী থুয়াদা।
আশ্রম থীজরি নহাক্কী নথোং থম্বান্দা

চংজরক্লে থংনা ইম্মোকশিগন্থু নচাবু।
অতোনবনি থংনা থৌজানবীয়ু ইমানা।
নচাগী স্তুতিনা তোন্নবগী খুদোম্না
কৈদৌঙৈদস্থ ওইরোই ইমাগী অপেনবা
জ্ঞানথীয়ু নচাবু থৌজালগী মিংয়েংতনা।

ইমাগী থম্মোয়গী জ্ঞানগী সমক্রদা
ইতিক লৈজদে খোংদাক্লবগী পাঙ্গল্থু
থক্লক্লবা লৈতে খোংদাক্লগে হায়নথু
ইতিক নত্রব'তুদা ইঁঙল হাপ্তুনা
বাম্মোহনবা পায়দে ইমাগী থম্মোয়বু

চহী কুমজা কয়া'মা হৌখিদ্রনহ্
লোয়দাম খাজ কয়া অমা চৎখিদ্রনহ্ .
ইগী' পাকপা জ্ঞানগী সমক্রবু
লানখিবগে মীওইপোক কনানা ?
ঙমখিদে কনাহ্ ওইথোক্লবা থমক্ত্রু।

চাংখৎলবা গ্রীসগী হোমর কৌব'দ্রনা
বিলাত লৈবাক্কী নিউটন হায়ব'দ্রনা
কালিদাস, সেক্সপিয়ার কয়ম্বা মার্কনিনা
লানবা ঙমখিবগে অত্তুগুম্বা সমক্রবু
ঙমখিদে কনাহ্, ঙমখিবা লৈতরি।

'অত্তুগুম্বা সমক্রবু লানবদি হায়রুনু
ঈপাক'থক্তা খোংতা তাখিরম্বা মীওইপোক
মীরমলেনগী লাই ওইরম্বা মহাক অত্তবু
অমরনি হায়নরি জগৎ অপুম্বনা
কাওনবা লৈরোই থুংলেমনা লোয়'ফাও'দা।

তোল্লবা নচা ঐদি কদায়নো ইমা,
পুম্মক্তগী পাঙ্গল শোল্লবা ঐহাক্কি।
ইতিক লৈজদবনা তোর্বান্দগী লাপকনি।
খোরাংবা মিংয়েংতনা য়েং'নি সমক্রুদা।
লাংতক্লবা থম্মোযতনা ঙাইনি ইরিকপু

ইমাগী খোজানতনা মতম অত্তুদা
নামিরা হুংশিংকী অতপ্পা শাহম্না
সমদ্রং শীগ্গা হুম্নকপা মতম অত্তুদা
লাইবক্তা ইরিক অমতং চোংবা ফংবদা
পুন্সি মহৈ য়াঙ্গনি মচাগী মপোক।

## পোকক্ষম ফজুবা

তাইবং মিংয়েং কারল লাল
নমু খোংরাই বাংমদা
চৌংলাইবক্তা তোমখীন ঙানবী
পাংয়াই'হুংদা নাইতোম শাংপী
চৌংলাইবকী উখবাল ও!
লৈভাং পাংকী থয়োলৈও!

উদ-থংদ মক্কমদা
লৈরাংনা চেংলৌ হেনখা
শীংজেয়া লৈনম চাওরখা
কনানা কোলোয় শোনবিনি।
থাংউথক্তা কেমথিনি
শীংজেল'তিজা মওইনি।

তাইবঙ মীথুংনা ফাংঙমদ
নমু থোংকাপ্পা রাইঙমদ
ঈয়াইদা মনিনা ঙানবদি
লৈহুংদা হিয়ানা লংবদি
অয়েমবদা ঙানবনি
কায়দবদা লংবনি।

হুংশি রাথয়া থম্মোয় থুম
কায়ন মৈচাক্লা ককঙাওন
পামুবী মাগী মঙলেন্দা

লাইমবা মাগী উফুলগী তাজ
তাইবঙ কনা থংদনা
মালঙগী শাঙমদা পাইখিনি।

তিংথং'রক্তা নায়োম-ন
লোম্না মোমোন নোকচবী
লৈনম চাওবী কেতুকী
মালং পোঙরাই য়াঙমদা
লৈবাঙ নঙনা শাংচবা
তাইবঙ কনানা শোনবীনি।

নমু পোঙনা তিনাশিংনা
লাইব কোন্দা শাংলিবী
লৈচিম্না কুপ্পী থাগুম্বী
মুজানা চেংলৌ হেনবদি
ফৈজ কৌবদা হাগবিরোই
নিংথি থক্তি শোনবাবোই।

শাবন্দা শাংপা নাপুইতোংসু
লৈমা লিকথাং শুইহনাশি।
লাইরাংকোনগী চনুসু
লৈমকোন্দা শাংহনশি।
নিংথি ফজে শীংথানি
তাইবং মিংযেং শুইননি।

# লাইরবা

শেগায়রবা চরৈনা হকচাংবু কুপলিবা
রাথম্না ফুম্বংনবদগী অঙাওবা শকওইনরবা
ফুক'ওমদ্রবা খোংফম্না শমু খোংরায়নরিবা
নরকী ফত্তবনা শাইওনবগুম চেংলোনারিবা
হায়যু নহাকপু লাইরবা নত্তবরা ?

নিংথম কপীদা নহাক্না থাজবা
ভরাগী মৈথুনা নশাবু চাকথেকপা
তাইবঙদা কনানা মাহুবু থনবিনি ?
থনবীবগী মঙ ঙা: তুহংপিনবা থেংনক্রিবরা নহাকপু ?

চাদবদগী শরুদা উম্না কুপলগা
লৈতবদগী নচিন্দা চোংরোল লোল্লগা
কপ লাউদুনা অরাবা উংলগা
কংগী খুযাদা তেংবাং থিরিবনো ?
খোজাগী মহুদা চৈংংলকনি থংদবরা ?
কৌশিনবগী মঙল্লা কাংলোংকনি থ জদবা ?

পামেল উনা উক্রোং রাংক্রা লবদা
শীঙল ৈলনা ৈলনম চল্লবদা
পোম্বী চেক্লানা তুরাং কেন্নবদা
চৈথাবা কবি লৈতবনি থঙদববা ?
লাইরবগী মপোক্তা লাঙওল্লবা নহাক্না
মালেমদা নফম ফংগনি থনবরা ?

লাইর চুনৎনরবা কশাবু তুহংশিনগা
অতোন-অতা কয়াবু নৈহংশিনগা
অকল অথৌ কয়া কয়ানা
ইতিহাসদা মিংচং থমবা
ইনাক খুনবগী পূক্কৈ লিংখিবা
নহাকপু থক তা-লাক্তবরা ?

ইনাক খুনবগী কোকী মুখুঠ মনি
লাইরবগী ঈথেংনি থংদবরা নহাক্না ?
শাহজাহানা খুদোঙবা মমতাজগী মোংফমদা
তাইবঙনা কোলোয়নরবা তাজমহল হায়নবু
ফেরাউনশিংনা শায়বা পীরা মীডবু ইজিপ্তা
লাইরবা ঐথোয়না য়ুমফম ওইখিদবরা ?

লৌবুক্তা কাংবেম্না নারাইমিরবা উরগা
পাক্তা চেক্লানা চাক্তামিরবা য়েংলগা
অঙা-হুংঙাই লোনদিরবা থংলগা
শোমিংলকত্রা নচিন্দা হে লাইরবা
কদাই জীবরক্তগী অথোয়বা মীওইবা ;
অতোনববু কৈরাক্রগা স্বর্গ কাগে থনবরা ?

I was impired to write this poem when I saw a poor father and his little daughter, both in rags and on starvation at the Jagirod Railway Station in Assam at a writer night in 1972. The father hadreturned from some distsnt part of Indie when the father had laboured hard for a rich man for several months at very low wages but had been mereilessly driven away unpaid, unelad and enstarved.

# মতমগী সমাজ

চাক্লা চাকথেক্লা চায়ৈ।
কক্লকপা ফুমতুনা পায়ৈ।
চিনবান্দা খোইহি তৈবৈ।
পুক্লুংদা হবু ফুমবৈ।
অক্লবনা মতাইদা চেল্লে।
অনৈবনা ময়াইদা চেল্লে।
ওইদবনা অওই'শায়ে।
অওইবনা ওইদ'শায়ে।
ওক্লা য়ানা শীল্লে।
হুইনা মনা থায়ে।
শঙ্গয়া হয়াই মতোম চায়ে।
কনানা কনাবু য়েংনদে।
চীয়োল হৈবতনা চৈগানয়ে।
লাওবা কনবতনা খুল্লাক্লয়ে।
লাঙ্গদববু অপঙ'শীয়ে।
তুমিন লৈববু লঙনবীয়ে।
চাদ শীন-ন চথোম চায়য়ে।
উদ শীন-ন মমিং লাওয়ে।
কাম্নবা কয়া কাল্থোক্লয়ে!
অফবা কয়া লংছেক্লয়ে।

---

# মঙলানগী পামেল

পম্মৌ পারকোর চারকোরমুং ; নোংপোক থংবা শুংদাগনি।
সনাগী লৈবুঙ করাদা পামেল্লা পংতি হৌবনি।
খুংনা কোনবা থুংদবা চুমথ্রিং হৌবা পামেল্লি।
অতিয়া খেংনা রাংলগা মতোন্দা মৈশা লোংবনি।
মউদা মনা পানদবা সনাগী উরি করানি।
চাঙকোল চাঙকোল য়েংপনা পামেলগী মতোন লোমবনি।
পামেলগী উরা থুংনবু লৈরাং করা শাংপানি।
অঙাঙ অপক অশঙবা পিকতকপা লৈরাং থাক্লান।
মনা অমহূা পানদবা লৈরাংগী চরোংতনা হুংপান।
মাপংগী মেঙলবা শহমদা লৈরাংনা নোম নোম চৌবান।
ঙংল ঙংল থোইমুনা লৈতা চুপথুনা পাইবনি।
মসি খিবিক অসিনা উরাং মাতগী মতৌনি।
পামেলগী মতোল অচুম্বা মতুনা মণ্ডং অমনি।
সনা মচুগী লমযোবা লৈরাংনা চরোঙ পানবানি।
লৈরাংগী মশেক মচাম্না 'শংবা উনা'রম্বা লিংপান।
নোংপাকী কোণগী মশেক্না মালেম য়েনা ঙানবান।
মাতং সনা তোপলবা মুক্তাগী উচেক করান।
উংফ-থক্তা তোইচেন, তাইাজঙ লৈরাং চেকপানি।
লোংদোন অাতথা থক্তুদা লোচম্না পানা কুপ্পনি।
কোরো মাগী মশেক্না চুনথাংনা পানা কোনখান।
মংখান চাগী পামেল্লা থম্মোয় ইফুং ফাংপান।
নিঙাশং অচাঙ মথক্তা ঙাওনা লৈনা তাওবনি।

A view that was really experienced in a dream at an autumn night in 1972.

# ইরৈবাক

মুংশি উফুৎ হৌরককম ইরৈবাক্না ওইবনি।
মুংঙাই'পঙ্ঙুৎ লোয়কম পোক্লকমনা পীবনি।
স্বর্গগী নন্দন কাননস্থ বারীতনা হাববনি।
পোক্লকম কোবী মহাক্না মাঙানদগী হেনবনি।

ভোমথীন ঙানবা লৈরাংনা ইরৈপাক্তা শাংপনি।
থোয়থুমনরবা হৈরাংনা ইশায়গোন্দা পানবনি।
অমৃত ওমজবা লাইজনা মতম্বাক্তা চেনবনি।
মাগী চেংনা লৈহেক্না পুক্লিং থম্মোয় হুবনি।

ইরৈবাক্কী ওমপাক্তা মপোক লাঙওন ফংবনি।
মাগী উশিং নুংশিত্তা থরাব যুম্ফম ওইবনি।
মহাক্কী অমৃতনা মিতম মিরেপ লাকপনি।
শিংলিগী ঈচেন্দা মাগী রস চেনবনি।

থা তরা নাওপুবী মহাকস্থ ইমা অথোয়বীনি।
মাগী থোয়াং মপাগ্না হাইগঙ মথাল উবনি।
কশেঙ ইমা হাগবদি ইরৈবাক্তা ওইবনি।
পোক্লকম কোবী মহাক্না ইমা মাবস্থ পোকপনি।

মপোক লাঙওন চুপ্পবু মতম্বাক্তা লেম্লিংই।
নরা মানা তৌবগুম মথানুঙদা শাম্নিংই।
লাঙবল থোয়মু থোনতানবগুম কোলোয় হেক্না শকনিংই।
মৈতাল মানা রাথৈবদা মশায়গোনদা তিন্নিংই।

# ইশাগ্নগোন

বসন্ত ঋতুগী অয়ুক'মা
কোরৌ মশেক লাকপদা
চেক্লা চাদি অপিথক
পিবুক'মুংদা থনথিদো
ইশারগোন্দি থাৱগে
খোয়দাদরে পুক্‌ং'সিনা।
মিংয়েং কারল রাংমদা
শাগন ভূফাং থগ্গুনা
পামজ লমদম থন্দুনা
য়োংব য়ুমলেপ তান্নুগে।

পামেল উগী উরাকোল
তাউজিং হৈগী হৈৱা কোল
লৈরাং লৈগী লৈরাংকোল
পুক্লিং মাগী খোয়দাফম
মিরেল মাগী মিতাফম
মরম-ন লমলেল মাদাইমা
মালেম লৈমগী লৈময়োল
মফম কৈদা লৈবনো ?
ভি চেক্লা' মিংয়েং শাবানজৈ।

মিংয়েং কারল রাংমদ
পোইরৈ লমদম তামবদা
লমদম অমা উজথি।

## ইরিক অমতং

চেক্লাগী পুক্লিং মুংওনখি।
লোয়রবী চাংগী নাপোমদা
পামেয়া পাংতি হৌরিবা
পামেলগী উটৈফ খুদিংদা
ঙৈরাং লৈরাং পাল্লিবা
পুক্লিং হুগনি খঙ্গরুই।

মায়গৈ মরি ফাংদুনা
লোইবী নাপোমনা শাল্লিবা
নাপোমগী লোকচপ খুদিংদা
লোক্কী লাইজনা চোল্লিবা
লিরি হন্না মালংবনা
হায়না হন্না শান্নরিবা
পোইমু শঙ্গু শঙ্গুনা
লৈরাং'লক্তা পাইরিবা
হায়বদা লানবা লৈত্রবা
অালকা কৌবা কোন্নুংমক্লি

মতম কুইনগী তুংদা
নিংজবা থুংলে মতাগুম
শাবত ঋতুংগী পুর্নিমাদা
চেক্লা নোংইয়া তৌবগুম
পাঙম পুক্লিং মুংওনন
থক্কোয় মক্য মথুং-লাং

শাগন তুফুাং থুপ
চেক্লা চাদি অপিথক
লৈনা লৈনা য়েংচুনা
মালেম লৈদা পায়থখি।

অপাম অপামবদা থন
মুংশি মুংশিবদা যেং
তাউজিং মহাও তংলুবা
লৈয়াং লৈনম নমলুবা
তাউজিঙ থৈনা শীল্লমলে।
লৈয়াং লৈনম চেল্লমদে।
সিরি হুম্বা মালংবসু
ইথক হোৎবা লাইজসু
হুমাঙগী ইরিক লোকথিদে।

চেক্লানা রাথল তৌজখি।
পাইম'মুঙদা থঙ্গখি
ছি! করি মতৌনো?
থম্মোয়না পাম্না থঙ্গকবা
মালেমগী লৈময়োন অসিনা
মরুগী লমদম ওইরবা
নিংজরুবা রাথল থিবিক্লা
তায়োম্নরবা ঐঙোনদা হৌজিক
হুলগেদনা ইপাম্ন লমদম।

মপাম লমলম মৌর'কাল
মখার গোম্বিচংবা 'কাল
হৈয়াং মচাও তল-ল তং
লৈয়াং লৈনম হন-ল না
নোংহৌনা থম্মোয় শুমহৎলে ।
চোকথরবা হকচাংশু
মপামগী নামিবা নুংশিংনা
লোকী লাইজ ইরিকনা
হমাংগী তুখোং লোকথরে ।

ও থংলেদনা হৌজিক্তি ।
মালেমগী গঙ্গা তীর্থশু
স্বর্গগী অমরা কোনুংশু
ইশায়গোনতদা ওইরমলে ।
নুংঙাইবদগী নুংঙাইরবা
নুংশিবদগী নুংশিরবা
পুক্বিং হকচাং পেন্নফম
নুংশি নুঙওন তুঙলফম
ইশায়গোনগী তম্পাকনুঙ
নুঙশি কোলোয় শক্তনা
পুন্সি অসি লেপ্নগে ।

# তাইবঙ খুংচেম

বসন্ত ঋতুগী থম্মোয়দা
হৈন্নৌ মপাল মাদউম
থম্মোয় পেম্না শৈশক্লিবা
কুহু কুহু খোংলিবা
কোকিল নহা খোম্মোবসে
মমদম কৈদগী লাকপনো ?

কুমলাং 'সিগী মমাংদা
বসন্ত ঋতু মমুঙদা
হৈনৌগী কুঞ্জবন অমদা
কোকিল অনি চাক্তাখি।
চেক্লা 'নিগী শাংগোম্মি
নুংশি খোঞ্জাং শৈশক্লিবসে।

নোংবাম্বাগী থাজিন্দা
তাইবঙ থম্মোয় হৈথন শুম
হরাও মোগোন নোক্লিবা
শকী ফজবা উংলিবা
ফুগাইনা শাংলিবা গোপালসে
শীঙেল কৈদগী লাকপনো ?

কুমলাং কয়াগী মমাংদা
চৌংগী নাপোম অমদা

1341/Mani



শাকাররবা গোপাল চয়োংদা
খোইমুনা লৈহী চুপচখি।
লেরাং খোরমুঙা শায়োম্নি
মাঙদা শাংলিবা গোলাপসে।

ওলাংথাগী থাজিন্দা
অশংবা হৈনৌ য়াদা চিক
য়গী'নাক্তা খৌশারিবা
হয়াও মথোয় কারিবা
পুক্লিং হুববা শয়াওসে
লমদম কৈদগী লাকপনো?

হৌথিবা চাওন কুমজাদা
পাংকী হানৌ মরক্তা
কাওরেল লাব অমোম'নি
নুংশি মিংয়েং মিতানথি।
কাওরেল 'নিগী মমিনি
চোং ফজিবা শয়াওসে।

মপুগী থুংশেম লৈকোন্দা
থুংশেম' পাম্বী থাবীথি।
মখলগী ময়া চোমলবা
অমতা ঙাইবা মউনি।
মতমগী খোংলৈ তুংইয়া
ময়াগী তুম্বৌ শাংথখি।

তাইবঙ লোইবফাও
মথলগী মরা চোংগনি !
পঙ্‌ংকমশিনি থংদফাও
মরাগী তুম্বো শাংথনি
থুংশেম মরা চোংহনবা
তুম্বো মজোন চোংহনবা
তাইবঙ জীবগী মথৌনি
অসি থিবিক লৈবনা
তাইবংপানবা কৌবনি ।

---

# তাইবঙ থোংচল

পাৱমচং পুৱমচং তাইবঙচং
তাইবং নিয়ম থুগাইবা।

পাথাঙ ভুথাঙ থংথ-থাঙ
তাইবঙ মরী থদংপা।

পানাং পূনাং তাইবঙনাং
তাইবঙ মনাং ঙাক্কবা

শীচেৎ লৈশাং তমদ
তাউজিংন মহৈ য়ানদ
পামজদে মহাকপু পামজদে।

লৈয়াংনা লৈশাং তম
মালেমদা চায় শয়বা।

তাউজিংনা হৈয়াং পান
মালেমদা মরু চাইনবা।

অয়ি অনৌ শমনহন
খুংশেম চক্র উংহনবা।

মপুগী থোদা কোকথোঙ-ন
খুংশেম মরি তংহন-দ
কৌই মহাকপু থোদা ইনবা।

তাইবঙ লালকম মায়োক-ন
মথৌ শিল্পা লান খেং-ন।

মাংলম তুংলম য়েংন চং
তাইবঙ সমাজ' খোংথাবা।

পাবোং কায়ল লাক
থুংশেম চক্র উংহনবা।

তাউজিংনা হৈয়াং পান
লৈয়াংনা লৈশাং তম।

থুংশেমনি মানা অথোইবা।

# লৈরাং খীরিবী মুজাশিং

লৈরাং খীরিবী মুজাশিং
শক্ত চুদা হেন্নবী।

য়েন্দার নাকন্দা য়েপলিবী
শীঙেল লৈকোন্দা চংলিবী।

মপু মহাক্নী লৈকোনসে
লৈরাং মথল শাংপনি।

অঙাং অপক অশংবা
মচু মচুগী শীঙেন্নি।

লৈনম, চেনবা চেন্নবা
মথল কয়াগী লৈরাংনি।

মরী মউ থেম্নবা
মথল কয়াগী পাম্বীনি।

লাইজ কংফাল চীংলাইবক
হোৌফম শাংফম থেম্নবনি।

গুলাং নিংথম নোংবাম্বা
মতম 'পুম্নদা শাংপনি।

লৈরাং থিরিবী মুজাশিঙ
অপাম্বা লৈরাং থল্লুদো।

চীংলাইবক্তা শাংপা শীংঙেলা
হেকনিংবা খন্দুনা হেকউদো।

অহুবুনে লৈরা'শিবী মুক্তাশিং
নকাদা বাহৈ কাংলমগে।

+ + + + + + + + + +

শীতেল লৈশক্লা খেরবগুম
মুক্তা চেংলো মাম্নদে।

লৈরাং শুনা খেরবগুম
পাইম পিবুক তীম্নদে।

মুক্তা ওইবী কনানা
মুক্তা মতোম'গী লৈথীজে।

মতোম' লৈরাং চিন্দুনা
নাপল উংকে খোরাংজে।

অতোপ্পী মুক্তা খয়না
মীগী য়াওনা লৈথীরি।

মশাগী ওক্লা থাকলগা
অরেম্বনা মীতোন্দা লৈরাগুই।

মুক্তা ওইবী খরনা
তিংখংগী লৈরাং খোমজিল্লি।

লৈরাগুহুনা অকৈত্না
মীনা বারগা হয়াওজে।

লৈথীবী খরা অমদি
মশাগী শুপথল থম্লুল।

শেংনা ফাক্লা থীহুনা
অথোয়বা শীতেল হেকচিল্লি।

মশাগী থবগা তৌগনা
তাইবঙ অচৌবা লৈবাঙই।

+ + + + + + + + + +

হুংগাই তিংথং কিদনা
অতোপ্পগীদমক লৈখীবা

মশাগী শীঙ্জেল থাক্তনা
অতোপ্পদা লৈরাঙবা

অহুঙবী মুজাশিং অহূতনা
লৈমরেল ফমথোল কাপনি।

লৈরাং থগ্বামা তৌবগুম
মুজাগী চেংলৌ হেনগনি।

শীঙ্জেল গোলাপকী মতৌগুম
মাগী মনম শীনগনি।

---

# পাম্জবা

শারত ঋতুগী থম্বালদু
ইমাইদা হেম্না শাংশন্নু।
বসন্ত ঋতুগী মাধবীদু
উয়াং য়েংনা ঙানসন্নু।
ঙলাংথাগী লৈহাও মাদু
উনা-লিংনা হেনসন্নু।
মনা লোংপা কেতুকীদু
লোম্না লৈশাং তমসন্নু।
মথন মথেনগী লৈয়াংনা
লৈকোল লৈতেং ওইসন্নু।
মচু মচুগী শীঙেম্না
তাইবঙ পুন্নিং হুসন্নু।
নিংথম কমবী কাংদনা
মথনগী লৈরাং শাংসন্নু।

\+ + + + + + +

তৌবদি —

লৈপাকলৈ মনা'ম্রক্তা
লৈরাং থম্বাল শাংলুদে।
মন্নীচংপা মামশুনদু
উন্নিবৈ মাধবী মথেম্নে।
মধুমতীনা মন্নী চংচবা
তথনৈ মানা ওইরুদে।

চীংদা শাংপা উথবাল
ইংায়দা শাংপা ওমজদে ।

পাংতা শাংপা থরোয়
চীংদা ওংউ য়াদেদো !

শীতেল ওইবী হৌনশা
পুলি চুপ্পা হোংদেদো ।

হৈপাল অমতগী হৈয়াংফাও
হৈতুঙ থায়না য়োম্থিদো ।

লৈপাল অমতগী লৈরাংফাও
লৈচা নাইনা শাংলিদো ।

+ + + + + +

অতুনা —

লৈরাং খুদিং হেক্তুনা
শীতেল লৈচন থীসিদো ।

মথল মচু যেংতুনা
লৈচল চানা লেংসিদো ।

মনা খুদিং হেক্তুনা
বন মালা শেমসিদো ।

লৈথল চানা তিনতুনা
শীতেল নাচোম পুন্সিদো ।

লৈরাং মদোম গুনবদি
থম্মোয় অমতবু হুবনি ।

অপুনবা চেংলৌ শক্তমদি
মালেম শীয়া শুবনি ।

অপুনবা চেংলৌ শকফয়া
স্বর্গ কৈয়াক থাবনি ।

# ঐগী চোয়রোল

ঙৈত্তে পোইরৈ লৈমরোল
মালেমগী স্বর্গ মপূংয়াইদে
লৈতাং পাংকী থরোরৈ
শীজেল লৈশাং তমদরে।
য়াইথো পাংকী থবালমু
লৈরাং লৈরোল কংথরে।
থাংজিং চীংগী নাপোমদা
লৈরাং উথবাল শাংতরে।
লোক্তাক পাংকী পাংয়াইদা
তিতি শঙ্খ চাক্তাদরে।
খারম মুংশিং নাম্বিবা
লিরি খোংদোয় হুনদরে।
মালং শাহুম ফংদবনা
হৈরাং লৈরাং শাংতরে।
মুংশি মুংওন থম্বোয়পেন
মুংশি মিক্কো লৈতরে।
নহা মাগী অশাওবা
অহল বানা নমাদরে।
অহল মাগী পেননবা
নহা বানা ফাদরে।
ইপানাঃ ইপুনাং ইকংতাক
খুমুংগী য়ানি হায়নরে।

ঐনি ময়াম কনবা
বাংদৈ মুমু হেনথরে।
ঐনা মহেক্কে পোৎনবা
বাংতোল মাবু নমথরে।
চীরোল চারোল লোনমলাং
থম্মোয়দা চেৎনা থাগোল্লে।
নমু য়াইবী লোনবা
মীয়ুংশি মচেৎ পোক্কদে।
মশেল মশেল হাংনবা
লমগী শাদগী খোয়থরে।
অচুম অয়ান থজ্জ-দ
অনিং অনিংবতা তৌনরে।
হকচাং পেন-ন পোৎশক্তনা
চাউথৎপা শীংদা চন্নরে।
তশেং' চাওথৎ হায়বদো
কনানা থীজিনবা তৌদরে।
হৌন-লীচৎ অধ্যাত্মিক
কায়দবা পোৎনি হায়নরে।
মশিং য়ামদবা জাতিনি
করমনা ভাকনি থম্মদরে।

\+ + + + + + + + + +

অকুঙৈগী য়াকমনি
খোংদায় শেংলিগী বায়িনি।
থকশি থাশি কোঙ্গোয়না
অমগা অমগা পুন্নগী।
নহা অহল মিঙ্গোন
পাইম পিবুক পেন্নবগী।

অরৈ লৈত তাম্ববানা
পুকচেল থোরজেল তীম্বরমম্মী।
অচায় বীচায় চৎনবীনা
সমাজ মশক কজহম্মী।
নহা মানা শাওজবা
অহল যানা নমথরম্মী।
অহল মানা শাংরকপা
নহা যানা ফাথরম্মী।
মশেল মশেল মুংঙাইনদ
লৈকাই যানা তাইশিনম্মী।
লাই ঙক ময়াথং
ফিগাও শানা ওক্করম্মী।
তোবা থবক খুদিংদা
শাগৈ' ইজং থম্বরম্মী।
তাইবঙ মপু মহাকপু
থম্মোযদা চেংনা থাগোম্বরম্মী।
ফৈজোম খোংদায় লেংলিঙৈ
মমাংঙৈগী যাকমনি।
হেক্তাক কাংশোয় চারিঙৈ
অহুঙৈগী যাম্বিনি।
অহুঙৈগী পম্থোশিংনা
মৈতৈ সমাজ উংলম্মী।
অহুঙৈগী যাকম নিংশিংঙু
থম্মোয় থুহম শুজম্বি।
ঐনা লোঙবা চোয়ৱোলসে
মীপুম তিংনা লোকপিয়ু।

---

# কপপু, ইমা কপপু

ইমা, বারয়াংকা ইমা!
কপপু' ববাগ পেমা।
কোরদংলো শময় মতং মতং।
ডাংয়া ববাকয় খুতুমনা কায়মা।
কপপু, ইমা কপপু।

করম তৌনি কপপা নতুনা?
করম তৌনি কপপা নতুনা?
মচানা কতরগা মমানা বাবা
মচানা গুকুগা মমানা কপপা।
কপপু, ইমা কপপু।

মচিন মনাংরক্তা থানয়বা মিংয়েং
উশিংনদবগী শীংনয়িবা খুহুম
লাকথুনবগী শাগংনয়িবা লাংলম
তংমহুয়বগী চৌরুয়িবা খদাং
কপপু, ইমা কপপু।

ছুংশিনবয় ময়িক অমতা পরু-দ
থাকনবয় শীংছুম অমতা থমন-দ
কলকপগী মৈয়িত থম্মোয়না হোঁ-ন
তোথায় তানবগী লংজাদা চেংনা য়ান।
কপপু, ইমা কপপু।

ইশাগী ইথৌ, ইশাগী থাশক
অরচং শাক্তং হৌন লিচং
অক কন্ত অচুম অয়ান
কান্দুনা চংলে পুমনমক যাংলে।
কপপু, ইমা কপপু।

চিনবান্দা নেতুম, থঙ্মোয়দা তিল
খুংনা অমা, চিঙ্গা অমা
মিংচংপনা করি, মিংথীবনা করি,
পুমনমক কারে, ইশাগীতা য়েংলে।
কপপু ইমা, কপপু।

ইশাগী ইজং ঈশানা ঙাকত
ইশাগী ইথৌ ইশানা তৌদ
পানাং পুনাং ইজং ঙাক্ত
মাংবতা নংত্ত, পুমনমক তুমলে।
কপপু, ইমা কপপু।

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

ইমা অহুঙৈ!
মালেমগী লৈমরোল মিতিনপুংদা
মাংখিল ফিদা কথাল লাং
মী-থা থাদ য়োমোন নোক
নঙণ চাওই, সাক্কি থয়।
কপপু হৌজিক্তি কপং

পলেমগী শেবা কাউত্রিদৈ নচাশিংনা
থাগী থাম্নল ভথেল অবা
লৈমবোল কয়াগী মিভিনপুংদা
নয়াই কা'না নোকখিবা নত্রা ?
কপপ, হৌজিক্তি কপপু ইমা ।

অতৃবু ইমা :
মীচা' কবা নচা নত্তে।
কত্ত' নচা থাদোকপা যাদে ।
কুবিয়ু নচাশিংবু কপ্পা কপনা
কো য়ো নোংজা অমদা শোয়দনা
মংঙ্গা থম্বাল পিয়াং হৌনা
পলেমগী শেবা ভৌরথিনি মথোয়না ।

---

# ইতা ইবেম্মা

ইতা ইবেম্মা চুংশিবী, নত্তিক চাওইদকো মহাকপে,
মহাকী নত্তীক নওনবু কয়রমনা শীংথানি ঐগাম্বা ?

ইচা ইশু পুমনমক চুপ্তাইবনা কেবাক থোকলে ।
হরাও মথোৎ কাম্ববা চুংগাই' পম্দোম লোমলে ।

খোংকাপ ভয়া থাংদরে, রিক্সা, বস, জীব, কার
রেল, ত্রাম জ্, জ্, হু' হুং চেল্লিবা শাইরিগা।

যৌনিংবদা যৌরে ইচাশিং নত্তাকী নপাম্পগী ইতা-ও,
কোন অপাঙ্গিবী তোংতনা মথোৎ চামা চামা ।

সমুদ্রদমু উকপ্পি, লেমলৈ ঙাদগী মংখায়না হেল্লি ।
ঊশিং, কংকাল শাং, জঙ্গল, মরু' চংশিং দা পনবা লৈতে।

উ-রাগী যুম নাপী শিংবীনা কুপ্পা কাম্বগল ভেঙ্গবা
লোথনা মহুং শিনথরে, চেক চুং রোংকী রাংলবা দলাম্মা।

উচালগী মৈরি চুপ্দরে, মৈনমগী কালি কাদরে।
খংশীগী অহিং, লোংজুথাগী নুমিদাং নোংথাংগী থাংমেনা ঙালে।

ইংদ ইংলে শাচলে, শাদ শাদ্রে ইংহলে।
মমদ মমলে ঙালহলে, ঙাম্দ ঙালে মমংলে।

রাংলদা চীংজাও, পাক্লবা তুরেল'থা তুরুং হুংলে মথোয়না
অকপনি অঙকপা, লম্বীহুম শেমই, যুমহুম শাদোকই মতুদা

ফমফম্লাংদা ফম্লগা তাম্নি মাংথোইনা লাপথুম্বা ইংপাও
ইচৈশ নোংমাই, নোংথাং পাওনা পুংফম নাইনা পুম্নকপা।

চৌকি থক্তা ফমলগা, হেদো হেম্বাউ কাহ্নবা
মুংঙাই' ইথক্তা তাওম্নি মমিঙ্গী কুচৈম্ম মেংহুনা।

চিং-মাল, পাং-কোম, সমক্র, তুমেল, উমং-মামং
অমাপ্লা, অনকপা, অনেম্বা, অমাংবা ওইমে পুম্নমক অমত্তা।

মাংথাইনা মেংনিংবা, উনিংবা, হায়নিংবা, তানিংবা, চংনিংবা।
তোগেদা ওমই, ইতা ইবেম্মা, নহাকী থোজাম্না মত্তম 'পুম্নদা।

থুংশেম' থা মচা থাগত্তুনা মুমিং শিংবুম কয়ানিবু
উংহল্লি পাইহল্লি, পৃথিবীগী অকোয়বদা লৈনা লৈনা।

গৌর্য্যী শঙ্করমু কাক্লমে কয়ারক হম্না ইচাশিংনা
মাথোয়না হায়—লাইরৈপাক-কক লৈরমদে কম্নি অমত্তা।

থাম্ন ম্যোক্লমে, থানিংথোম্ন লৈরমদে, লাইয়ামম্ন থেংনদে।
থাইনগী বানি—ওক্টেদবদা থাজবা, তাং-পাংনি হায়রমে।

থুংনা থোংনা লোমদ, কল মরৈনা থবক শুহন
পোংথোক চাথোক হেনহন মুংঙাইজরেদা ইচা পুম্নমক।

মীহাং মীতুম লাংকমদম্ন মাথোয়গী লাম্বা লৈতে।
থাইনগী মুংশিংকী, মৈগী, ইশিংগী তেল বাম্নী হায়'হুনি।

ইচাশিংনা পোংনা হায়ম্নি—থুংবাপ অমনা লোটশিনগে মালেমসে।
মাথোয় মশেল নিংঙাই শাংদা থুংথোক্লমকপা মতমদা।

অহুবু ইজা ইবেঙ্গা, জুংঙাঙ্গিমজুনা তৌবনবা কম্বিনো ?
ইচাশিংসে মপুক কত্তবু হেজ্জিমকইদকো নো'ম নোংমগী।

অমগা অমগা তিম্রবা ম্বাবা কৌবা দৈশিমজ্জবে।
বীওই' লীচং ম্বাংলক্কে, শা'ই লমচং লৌনম্বক্কে।

পংইদকো ইতা-ও ঐনা শিনবা পোরমনি থংও—
ঐনা শিনবা পোম্রমদি অক-কত্ত অনিমক শীজ্জিমবা ম্বাথনি।

মপুক কম্ব নচাশিং, মালেম লাইরৈপাক ওনগনি।
মপুক কংতম্ব মাথোবনা মালেম উংপুং ওনগনি।

ঐহ ইতানা শাম্ব'গুম্না অহূম অহুম মেংবদা
ইচাশিংসে কত্তেদা, কত্ত শরুম্না হেম্লিদা।

মুংলমদাইহী থাংমৈমা থংঙান অমুক্তং ঙানবগুম
ইম্বোমুংগী ঙা ম্বামনা ঙা কাথগী লাংদা তৌবগুম থাংউথক্কা
মাংগজ্রা বাম্বিদ।

# শরত ঋতুদা পাং অমা

(অয়ুক অঙনবা)

নিংথিদা ফৈদা, কজবা কৈদা হায়রুনি।—
লোইবীনা কোকথোঙন
য়াংদোনা খুাংচেৎ-ন
লাইজনা নিক-নিকলাও।

ইহোয়ে ইপোমলে নামিবা মলায়াদা—
মলগা মাগী শহমদা
লৈয়াংনা নোমহো নোমহো
লাইজনা লেৎলেং চৎ!

মচু মচুগী থয়োশিং অগোয় পয়েং লেংলক্লে।—
থয় মথৈনা অঙৌবা
থয় অমনা অশংবা
থয় অমনা অঙাংবা।

শীংনাইদবী লৈয়াংশিং লৈনা অগোয় শায়ক্লে।—
হয়াও মোমোন নোক
চালি খুৎথেক থেক
মচুগী ইপোম হো।

ওহোক্নু হুংশিয়ে পুংলোন অসি তাবদ্নু।—
লৈয়াংগী খুৎথেক মেৎ

জগোয়গী তান্তা চা
‘তুম, তুম’ যৈরিবা।

য়েংবগী পেন্দয়ে প্রকৃতিগী জগোয় য়েংবসে।—
ইতোম ভাবোক ওই
প্রেমগী ইশা হৌ
থম্মোয় নিক-নিক লাও।

কোয়ৌ মথেক লাক্লগা লৈয়াংগী জগোয় তোকখিনি।
অহূবু থম্মোয়দদি ঐহাকী
লেপত্রবা লৈয়াংগী জগোয়
মতম ’পুম্মদা ইনৌ নৌ।



# মাধবী লৈরাং

বসন্ত কৌবা ঋতুদ
    মায়রা খোংকাপ থাংলক্লে।
হৈপান লৈপান থিবিকদ
    য়েনিংগী ফিজোল হোংজরে।
থাবল মুংশিং নামিবা
    মালং খোংদোয় হুরকলে।
মালং মাগী শহুমদা
    হৈরাং লৈরাং শাংকায়রে।
মালেম পৃথি শীরবু
    মুংশি ইপোম ইহোরে।
কোয়ৌ নোংদোন শীরবু
    থুম্ন খোঞ্জেল নিললক্লে।
বসন্ত ঋতুগী থামৈদা
    ফুগায়না শাংলে মাধবীদু।
য়েংলে তালা উরাংদা
    খোরি মানবা মউনা।
মোমোঞ্জরে উনা 'রক্তা
    গাঙ্গানবা লৈরাং চয়োংনা।
মালংগী মেৎল শহুমদা
    লৈমাংনা নোম নোম জগোয়রি।
শীঙেল' লৈনম পুকহুবা
    মালং ইপোমদা চায়থোক্লি।

লৈরাংগী নুংশি লৈনমদা
খোইমু শঙ্গু ককঙাওরে।
ঙংল ঙংল লৈরাংদা
খোইহি পেম্না চুপচরে।
শমু হকচাং তনিক্না
লৈরাংসু খোইমুবু কোঞ্জরে!
লমগী চেক্লা মহাকসু
লৈরাংগী কুইম্মে য়াওররে।
উনা 'বক্তা লোংতনা
নুংশি গোশাঙ শৈতেক্লে।
লৈরাং খোইমু কুইম্মেবু
চাং লেমনা শৈথারে।
লৈরাং খোইমু কুইম্মেদা
ঐসু ঙসিদি য়াওজরে।
মউ শাগায়দা তোংহুনা
থংম্বাই ইপোম ইহৌরে।
লুপ্তুনা ব্বারক্লে থম্মোয়সে
ওইজবা তানবা সংসারগা।
কুইনা পুনক্লে হকচাংসে
পেন' নাইদবগী থৌরিনা!
মীওই মপোক লাংওনসে
চেন্থ্রিদো অয়া' ইরৈদা।
বসন্ত ঋতু লোয়রগা
ওলাং থাজিল লাকুনি।

লৈরাং কয়্রি রাবিদ
　　　　লৈনা' চোয়্না কেনগনি।
শীঙেল মক্ক অমনা
　　　　মথংগী কুইম্ম উংকনি।
মপুগী থোদা ইনবদি
　　　　তাইবং মাগী মথোনি।
থোদা ইনবা মাতনা
　　　　হুংঙাই শক্কক ফংবনি।
'সিবু নত্তবা থিবিক্কা
　　　　অবা' কোকথোড পুবনি।

---

# লৌউরা

অচৎ চত্ত জীববু নাওকোনবীরীবী
মণি-মুক্তা কয়াবু গর্ভ হুংদা লোংলিবী
অপাকপা লাইজনা ফিজোয়রীবী
লোইবী চীংশাংনা থ্রাংচেংনরীবী
থাংবা কনবী পুকচেল তপ্পী ইমাও।

পোকপিবনি ঐহাকসে ইমা নংনা
হিংনবা থোম্লাং থকচগে নথাদা।
মচানা অমাদা শেংনা থোংনা
নৈজবগুম মথাদা মচা কনানা
থিজগে নৈজগে নচাস্থ নথাদা।

'ফুইনা তাবা কুমগী নোংস্থ
চাকা য়াক্লবা ওলাং'গী হুংশাস্থ
করি কিক্লদে নচা ঐনা
মরূপনি থৈঞ্জে মাথোই থিবিক
লেঞ্জবা পামজৈ মাথোইগী 'মক্তা।

আমৃতগী শিংদা চল্লবা থিবিক
শেংনবা ইমবা চানবা থক্লবা
তত্তনা থোংচরগা কংজগে নতশ্বাত্তা
অতনবা নৈজরোই মতম 'পুম্বদা
শিবিয়ু ইমাতনা মরাং কায়না।

অশাবা অথুবা অনীনবা অরাকপা
অঙাংবা অনংবা অঙৌবা মেমানবা
মথল মথেলগী আয়ুত ময়াম
মখল মখাগী য়েংনবা পোৎশক
থেন্দুনা থবিরি ইমাগী তন্দাক্তা।

চয়ে কৌনা তাথংচগে নচাব্না
হুমাং লৈরিক কাজগে লাইবক্তা
অরা অনা থংজয়োই ইশাদা।
পামজারিবা পোৎশক ইমানা পিরবদা
করিগী কিক বাকনি ঐহাক্না।

চেকী য়ুম ফুরা দালান
মীহোবা লৈত্তে কৈদৌভুংদা ঐশাক্না।
অচম্বা তোঁৱবা লৈথোমগী থাংপোক
পামজরুই ঐনা প্রকৃতিনা কোয়রবা।
লেঞ্জগে পুলি প্রকৃতি ’রক্তা।

অরাংবা অঙৌবা ইনাকখুনবাঁ ইকাইখুম্নবা
কাক্লবগা তারকত্রা চিংনরবা থাক
মীতৌদে পামজদে পুলিদা ঐনা
কনানম্ থংবিদ, অতোপ্পগী লেবা তৌ
লেঞ্জগে পুলি মৈতাম্না বাখৈ’কাও।



# নখোং থম্বাল ফংজগে

কৌসহ্ন মাহাকপু কৌনিংবা মিঙ্গৌ
খোনসহ্ন মাহাকপু খোল্লিংবা মিংথৈ
সংসারগী য়ুম্বুরেম্নি কৌনিংবদা কৌসহ্ন ।
ঐহাক্কৌদি মাহাক্তনি মাহাক—
ফুইনা হৌবা মোংবু ঙমজবা কুহু
কোজ্ঞঃ য়াহোংগী চুভাবু খোনবা
খোয়খোয়বা শয়াংনা সেংপাক্তা চায়থবা
খ্বাংদা শনা ফিগে খোনবা
বনমালানা ঙকতা চোয়া শিবা
মোমোনবা চিনবান্দা শাঁশীবু খো বা
যমুনাগী তোর্বান্দা কদমগী মখোংদা
ত্রিভঙ্গগী মুত্তিনা শূমহৎপগী শাথেম্বা
রাসেশ্বরিনা ওইদা ঙাম্থোয়হনা লেপথিবা
কৃষ্ণ কৌবা বৃন্দাবনগী শঞ্জেন্নহাদো ।

\+ \+ \+ \+ \+ \+ \+ \+

কৃষ্ণ চৈতন্যদাস কৌবা ভক্তনা
ভক্তিতগী পাগম্না প্রেমগী থৌয়ীনা
চেঞ্জেংনা কোঞ্জখি মাহাকপু থম্মোয়'হুংদা ।
শোঞ্জখি মিংথৈবু চিনবান্দা ভক্তনা ।
যোগিন্দ্র, মুনিন্দ্র, ধ্রুব নারদ
যক্ষ রক্ষ দেব দেবী পুম্নমক্না
ফংঙমদ্রবা খুভমবু ফ খি মাহাক্না ।

জগৎ লীলা কার্যগীদমক মাহাক্না
মর্তদা লেমখিবা গোলোক বৃন্দাবর্ন্দা
শারখিবা লীলাস্রো গোপিশিংগা লোয়ননা
রাধিকাগী শক্তমলো চৈতন্যদাস মাহাক্না
ফংঙমত্রবা চয়া সেবারু থংজখি ঙঙ্গনা
তাইবং শীন-ন শন্দোকখি চরা-ফংন লম্বীদো।

\+ + + + + + + +

কনানা কনানো সংসার অসিদা
করিনা করিনো মালেম অঁসিদা
মওং পুঁবা হকচাংনা কারনো ?
হকচাং পোলাং থারবা কান্দা
থরায় চেক্লানা কৈদা কমদোবা ?
পংনা পানবা তাঁইবংনি করিবু থংদবা।
পামজদে ননাইনা লল থুম মিংচৎ
মরাগী থোঁয়রদা তশেং' নু ভাই'গী পন্থি দো।
মীহোবা লৈতে মাথোইগীদমক থম্মোরনুংদা।
ননাইনা নিজার থুয়াথাদা সিমতং—
পোকহনবিযু থম্মোয়দা ইবুংঙোগী প্রেমভক্তি,
শোনহনবিঁযু চিনথান্দা তত্তনা কোলোয়।
থয়ায় হকচাং কায়নরমদাই কাল
অমং থরৈ কুলমদায় মতম
মালেম মাবু থাহুনা লৈচিল থোংনেংরমদাইদা
ননাইগী মিংশ্না অনিনা উজগে যুগোলরূপ।
শোঞ্জগে চিনবান্দা থোঁয়মপুম্নবা নামামৃত।
অহুমা থরায় থারবা কালদা
থরায় চেক্লা অঁসিনা গোপি শক্তমলো
থুয়াথাঁদা চংহুনা নথোং থম্বাল ফংজগে।

---

# চহি তরেৎ খুত্তাকপা

মাবজিং কৌবা মাংাকভো    ময়াম্বুং খৌজাল কংন কংন
নিংথৌ ফম্বাল মৈচাক্লা    অচাওবম কাবা মৈথিনা
থম্মোয়দা কল্লা চাকখিদো ।

অক-কত্ত য়েংদনা    মা·লম তু·লম থন্দনা
অনিংবত্তা থুংনবা    অপাম্বত্তা কংনবা
অরাগা শরৌ শিন্নখি ।

য়েক্ক' মাগী মতেংলৌ    মীরৈপাক চাগী মখোংচং
চৌরজিং কৌবা ময়াম্বুংবু    নিংবা থুংজরে মত্তাগুম
মৈতৈ লৈমবোন্দগী তাহোকখি ।

সনা ফম্বাল কাহনা    কংলা মেনবু তোংহনা
চোং লেকপিন থান্দুনা    থাকল তরেংকী মথাদা
কংলৈ পুংদা পাঙ্খি ।

সনা ফম্বাল কাবগা    মৈতৈ ওইবা হৌনখা
নিংতম বাথল মা·ওইন    অয়া মাবু উশিত্ত
অরা ময়াথং ইনখিদে ।

অরা নিংথৌ নোংশারেন    পিশিত্রারদি লমকেংপা
মহৌ চাওবা মৈতৈসে    মহু পুবা জাতিসে
মালেমদা থম্নরোই থনখিদো ।

অরা ভেঙ্গোন অচোবা    মৈতৈ লৈবাক্তা শান্দারকপা
শামু লমখা তেঙ্গোয়া    লফুগী বন্দা তৌবগুম
মৈতৈ এজা নৈথারখি ।

# মারজিৎকী লানগাথা

(অহানবা লাঙও)

মারজিৎ কোৎবা যুবরাজ
ময়াম্বুং 'থক্তা লান্দাগে থম
কংলৈ কম্বাল মুনগে নিং
হয়েল লান্দি কারকই।
লাম্মী তেঙ্গোল অচৌবা
শগোল তোংবা কয়ানি
তুমথবা তাশা' পায়রবা
'আয়াম্বাইদি শাগোম্মরবা।
খোং লাম্মীনা কয়ানি
ফিমু ফিজোল শেংলবা
থাং চুঙ্গোয়না খুংলাইনরবা।
মারাজৎ কোৎব যুবরাজ
শাফি লানফি শেংলবা
থাবু ক্রক-ক্রক চিক্তুনা
য়াঙ্গোয় শায়াং নেত্তুনা
ব্রজগুম লুথা খোঙ্গেম্না
চিঙ্গোয় মপাও লাউরকই—
ভায়ো ভায়ো প্রজাশা,
হৈতৈ পাখো পুম্বও!
নোংমদা পোকপা মচানা
মিনি শিবা হৌনদে।

ঙসি কোয়ৌ মুমিত্তা
অকবা থেনকম আনদা
হুয়েন লাম্দি কায়সি
চৌরজিং য়াম্বুংদা লাম্দাসি।
কংলৈ ফম্বান মুমুসি।
মায়জিং কৌবা ঐহাক্না
খ্বাইগী তৌবিমন কাওরোইকো।
লোচা শিংজা পিগনি।
মনা মথুম য়েনগনি।
লমথাং খুজক থামেন চংপা
খুজি তান রেশম ফুরিং
পিবা য়াবা পিগনি।
অকাবদা দোলায় তোং
অকুম্বদা য়াঙ্গোয় থক
চোং পে পজেং ফিয়ান
পামদবরা প্রজাশা?
অসি য়াদি হায়রগা
হুয়েন লাম্নাউ লাউরকই।
য়াঙ্গোয় শায়াং নেত্তুনা
লাম্মী তেঙ্গোল পুহুনা
কংলা পুংদি তম্মকই।
হুয়েন লাম্দি কায়রকই।
লাম্মীশিংনা বা বা লাও
জয়ধ্বনীনা পুমনিন নিন

মৈতৈ নি থৌ মারজিং প্রজা মীয়াম্ হন্দোকলম
নোংচুপ চীংগোনলান মপাং লৈথাক লমদমদা
হয়েল লাঙ্গল মাংওইথি।

অংশোন অমা কেংদনা অহাং অহল থাজনা
হোন হোনদবা থজনা শা া চা া মতোঙম
প্রজাবু হাংথি অরানা।

নোংদোন 'ক্তা হনগংলগা তাদোয়া লোংনা ওক্তুনা
মা:লম থাদা তারক্লগা থাংদোয়া থুমা থিন্দুনা
মথে লাংথি অরাশিং।

মচা কায়নরবা মপা-মমা মপা-মমা কাথনরবা মচামশু
থুদাং পিক্ষম তৈ থম্মোয় থুহুম শু
হয়েন লাঙ্গেল মাংওইথি।

অরানা হাংপনা কয়া চাদবনা শিবনা কোঙ্গায়
চেনবা ঙমদহনা শিবা কোঙ্গাথ তুশিন্দুনা শিবনা মপৈ
থোকথি হোদোক য়েংহৈদ্রবা।

হাংপদা পেল্লহনা মথুদাংনা চোক্লবদা
তমথিরবা অরানা মৈতৈ মচা কয়াবু
থুবাকতা য়াইরিনা লেংথিদো।

থুংলায় পায়বা অরানা তমথীরবা জাতি অহনা
শাগী ঙাগী মতোঙম চীং জঙ্গোল শমহনা
পয়েং পয়েং চিংথিদো।

থজিকতা হেক থোংলোবদা শোম্বা থুদম উবদা
লাইবক থীবা মাহাকতু মথুংপু তুবং কল্লগা
লায়্ চোমায় লৌশিন্দো।

মৈতৈ প্রজা পুন্নমক    শিন্নমদাইগী মতমদা
হিংহৌবা খুন্নোক্কং অতৃহ্    অরা' অবনা থশোয়ফুন
মায়জিংপু চৈথি মথ,ৎয়ামা।

সনা ভাংবল ফম্নগা    লৈপাক প্রজা ভাক্লগা
য়েক মাবু পা'ঙমদ    ঐংথোয়বু শিরো হক্লেকপা
তোল্লি তোল্লি নিংথৌও।

লৌবুকী চুম্ন' মহৈময়োং    ইংথোনগী শংল' মনাময়ীং
হৈকোনগী থুম্ন' হৈয়াং ময়োং    লৈকোলগী ফুগায়ন্ন' লৈয়াং চয়োং
মা:লমগা লৈতেম মান্নথি।

লান্নপ তাবা থ,ক্সংদা    য়ুমনা কুংনা ভাংবা
মৈদিঙু সনা কৈথেন্দা    মুক্তাগী পরেং থেল্লবা
ঊংকী মটৈপ ওইগিদো।

নমু পোংবু লৈত্রবা    ঈঙা:-ঈথেঙ পাক্তক্লবা
ঈমু-নাইমু পাক্ষেম্নরবঃ    মৈ:ত সনা লৈবাক্তো
শাকোন ভাকোল ওইখিদো।

চহি ভরেং চুপ্নবু    নমু-পোংনা থ,নাত্রবদা
মৈতৈ সনা লৈমগোল    পোইবৈ তম্পাক অসিবু
ঊকোল বাকোল ওইখিদো।

---

পুং-লেন বাজার বেঙ্গুল
লোং থোংবগী পাংথক্কি।
কনাহ্ শিবা কিমদে।
হাংলুমিন্না মহাম্বনৈ।
কক্লুসিদা মম্বাউনৈ।
মারজিংনা 'হুম্না লানগাম্বকপনা
মৈতৈ কংলা য়োথিদো
সনা কোহুং কোয়থিদো।

# মচিন মনাওগী লাল ( চৌরজিৎ মারজিৎ )

( মারজিংকী অহানবা লাঙ্গ )

মারজিৎ কৌবা মপানৌনা
কংলৈপুংদা লান্দারক্লবদা
সমা কোন্নুং কোমরবদা
মৈতৈ নিংথৌ মনিংথৌ
চৌরজিৎ কৌবা নিংথৌরেন্না
পাম্বোম রুক রুক ভিংলকই
থাবু ক্রক ক্রক চিক্রকই।
অচ্চা অচ্চা লাকচৈদা
ঐগী রাজ ভাংবনবু
মুনগে হায়না থৌরাংজবা
থুরকী ঈনা লাইশাবা
থুমু মথোংদা শমলোবা
ঈরেমথাক্তি থনথ্রোই
মারজিৎ রাইবী লোরগে।
সনা কোন্নুং লানবমং
জর্নেল কর্নেল কয়াদা
মেজর শাজোম থিবিত্তা
লালগী থৌরাং লাউথথি।
হয়েলগী লাজোঙ শীনথিদো।।
চারারনরবা নোংশাগুম
নাইতোম চংপা শামুগুম

লাগী ভেক্লোল অরিবক
মিংকা মিংকা চানখি
পাযোম কুক কুক ভিংনখি।
হুয়েলগী লাহাউ লাউনখি।
মপুগী ইঙ্গিত্তা ঙাইনখি।
য়াক্লোয় শায়াং খোংনেংন
খুত্তা তিমেন শাইহুনা
মচিন মনাও অনিদো
ভেক্লোল 'নিগী মমাংদা
মিংকা মিংকা চানখি
সনা কোহুং শনমাংদা।
মারজিং মপাউ লাউরকই—
'তাবিয়ুদা য়াম্বুংও,
মৈতৈ নিংথৌ ইনিংথৌ
নশানৌ ওইবা ঐহাক্না
সনা চরন্দা খুকমকৈ।
ঙসিগী কোয়ৌ নোংজাদা
সনা থৌগল ফংজগে
ঙমলে তাংবল মুক্লগে
ঙমদ খোক্লো ননাইনা
মারজিং য়াইবি মাংজগে।
অয়োল অয়ান ঙাকপিয়ু।
সনা নোংদম তম্বীয়ো।
চৌরজিং কৌবা নিংথৌয়েল

কোয়ো মাগুম মশেক-লৈ
খোইরুম মোমোন চিনবায়া
চিঙ্গোয় মপাউ খুম্নকই—
ভায়োদকো ইশানৌ
লিংজেল লৈয়ু থাগৎলি—
অহুবুনে ইশানৌ
নংগী ঐগী লাম্নৌশিং
মৈত্তৈ লৈমগী মচাশিং
য়াইবী থবায় মাংহনবা
পামলুদেদো ঐহাক্না
ঈমু-নাইমু তাহনবা
উনিংদেদো মিংসিনা।
ইচিন ইনাও ঐথোয়'নি
অতত্তায়নি গুসিদি।
নংগা ঐগতা য়েংনসি।
জয় পরাজয় য়েংনসি
য়াইবী থবায় লোনসি।
লাম্নৌ ভেঙ্গোল অনিমক
কুম্মৈ য়েংহুনা লৈসন্থু।
হিংহোবা মাহাক অহুনা
সনা ভাংবল ফংসন্থু
ফংলৈ পাকপু ঙাকসন্থু।
কম্নি হায়বগে ইশানৌ?
থাংগী লানবু ভৌসিয়া?

ভিমেন লাক্লোংবু পানশিরা ?
অরেং পাম্থোম থৈনতুনা
মরু মুক্তবু তৌশিরা
ইশাঙৌবা নহা ওইবনা
ঊরেমখাক্তি ওইবনা
অশাম্বা লাক্লোং থম্লো।'
'য়াম্বুং সনা য়াথংদি
কোয়ৌ থক্তা কাফদে,
মালেম থৈদা তাফদে,
চরৈগী ফিগাও শাজরি।
নশানৌ ওইবা ঐহাক্না
য়াঙ্গোয় শয়াং খোংনেৎ-ন
ভিমেন খুত্তা পায়তুনা
সনা থৌগল তৌজগে।'
অসি' মতুং তাবদ।
মচিন মনাও অরিদো
চৌরজি মায়জিং কৌখদো
হয়েল লাক্লাউ লাউতুনা
য়াঙ্গোয় য়াঙ্গোয় থৌজিনৈ।
য়াঙ্গোয় খুকপ মথাদা
মালেম উফুল হৌখিদো।
উফুলগী মপৈ পায়থংখি
জুম্নিংকী মশেক খুমজিনখি।
তাদোনগা তাদোনগা খেংনবা

উকুলগী মৈতিল নবতা
মৈবু ক্রি ক্রি হৌনবা
যোগিনি নোংখাং কুপকুমই।
ক্রেং ক্রেং লাউবা মখোয়া
কোয়ৌ নোংমা থাকুমই।
খুরুপ খানা খোঁদোকপৈ,
খুরুপ খানা খোঁজিন্দ্রৈ।
হাংলো শিরো হাযহুনা
মথুক্তা পায়বা ভিমেশো
খীয়াং থেনা খীনজিদৈ।
অমগী তাদোন অমনা খেংতোক
আথালি পাথালি
লৈথোক লৈশিল লাংথংনবা
চোংথোক চোংশিন পানবা
লাখা মাতৈ অনিদো
লাকচনদে অমগা অমগা।
অশুম্না লাঙেংনরকপনা
পুংজা কয়া হোথিতনা
হুমিংনা নারল রাইরকখদা
কোংরোগী মশেক্তা চায়খরকবদা
মারাজিং কোবা মশানৌ
শাম পাঙল ময়েংতা
ময়াম্বুং খোগল রায়ক্রে।
মায়থোং থেঙুম লা হুনা

য়াইবী মাংগত্রা চিংনয়ে।
চৌরজিৎ কোবা নিংথৌরেল
পাখা কৈরেল অখৌবা
খুদোং চাবা ঋংহনা
তিমেল তায়োল অমনা
মারজিৎ মাগী মথ্ংগু
তিমেল তাবাক অহুবু
মালেম নৈদা নৈথখি।
অসিগী মতুং তাবদা
য়েক্ল' থমলোই মতাগুম
টৌ-পাইগুম থেক লাউ
তিমেল তাবাক মথ্ংগু
মারজিৎ মাগী থবাকতম
ঈমু ফিরাক থায়রগে
থৌরাংলক্লে চৌরজিৎ।
তুরেন্দা চেনবা লাঙ্গজনা
ভোরৈ তুথ্ল ইন্দুনা
হঙ্গনদা মচেঙ্খি।
থক্তি হঙ্গৎপা তৌদেদো।
ঈরেমথাক্তি থন্দুনা
মশানৌনি নিংহুনা
মারজিৎ য়াইবী কনবীখি।
য়েক্লমাংদা চাং তাবা
হুয়েল লান্দা মাইথীবা

ইথাই ফিরুক খুমহুনা
খোংগী লাংগী পুহ্না
হয়েল লাক্লেন মাংওইখি।
মায়ভিং কৌবা মশানৌ
কথাল কংনিং' মৈথি মুক্ত
ময়াংখুং লাল শিংগে থন
থোইথা লিনথা পুক্তা ফুম
মৈতৈ পোইরৈ লাম্বুনা
অবা লৈবাক্তা হয়া চেনখি।
অবা নিংথৌ মশানৌ
যুবরাজ মাগী মখোংথা
কৈথা নোনবা হইগুমা
চংজখিদো মায়জিং।
মৈতৈ পোইরৈগী তাংবন্দো
মুনবিয়ুদা হায়জখি।

---

# চীংলেন লোনজ্রেম খোম্বা

কাছাড় কোম্বা লমহুংশি মীকৈনাবা কমদম্বুন
মৈতৈ নিংথৌ চৌরজিৎ খাম্বরাংজিনে মাহাক্না।
মহাকথক্না মৈবাক কাম মথু জিন্না থোরাংবা
ময়াম্বুংনা চাহনিরিন মারজিং মাহ্মু মাওরুবি।
গম্ভীরসিংহ অথোবা মনা ঈদি ফুদোংবা
তিরিরিনে মাহাকম্ন চৌরজিৎ মারজিৎ থানিগা।
পোক্কফম লমদম থাম্বা কান্নন মৈচাক মাইলবা
মৈতৈ খুজোক অমত্তং থাকখেল্লি মাখোয়না।
ময়াং নিংথৌ গোবিন্দচন্দ্র মতিক মঙল যাংলবা
করি হায়বা ওমজদে মাখোয়না তৌবা খুদিংদা।
মনিং থুংনা মাখোয়না গোবিন্দ সেবা চংদৈচে।
মাখোয়গী থোজাল মথাদা মৈতৈ প্রজা পেদৈদে।
গম্ভীরসিংহ অথোবা মৈতৈ ঈদি অশেংবা
পাথৌ মাগী পিবুকন্নুং নো.মতবু কাউদেদে—
মৈতৈ পোইরৈ লৈময়োল অবা মাখোয়না লৌখিবা
হুংশি হৈত' মাখোয়না প্রজা তুমনা হাংখিবা।
শেংনা যাক্না থিবদা মৈতৈ পোইরৈ তম্পাক্তা
মৈতৈ অমতা ফংদবা, শক্ত খাক্ত নত্তনা।
বাং-ত পাদ শরুক ওই, প্রজাগী রাবা পাল্লবা
পোইরৈ হেনবা মৈতৈ লম উমং বামং ওইখিবা।
লমল খুমনিং' মৈরিহৌ পাথৌ থদাং অম্বা চিক
পোক্কফম লমদম নিংশিংউ, মিংম্বা অনি পিরাংহৌ,

পিবুক্‌হুংগী বাকমসে ফুবা ওমজদে পাখোনা
বাইৈ চাকফুম চাক্লক্লে থখোয় লকা 'হুংহুদা।
নয়াপ্‌হং মেংনা কক্ষংলি চৌরজিং মাগী মকাদা—
'য়াপ্‌হং ইবুংঙো তাবিয়ু, মৈতৈগীদি নিংথৌরেল,
মারজিং নশানৌ থ্‌ত্তগী মৈতৈ সনা তাংখদো
অবা মাখোয়না মুনথরে, ঐখোয়গী নোংদম থীবনা।
অহবু তাবিয়ুনে য়াপ্‌হংও, নশানৌগী মায়াংদে
সনা নোংদম তথীয়ু, অহন শানা য়াপ্‌হংনা।
মৈতৈ লাম্না খোমজগে মীরৈবাকী লমসিদা
ব্রিটিশ মতেং নিজগে মায়থোং খেঙম লাংলগা।
য়াপ্‌হং সনা খোগলবু তৌজগেকো ননাইনা,
ওমলে পোইরৈ কনসিদো, ওমত্রে য়াইবী কথোকসি।
শ্রীগোবিন্দনা শাক্কিনি, ননাই মাইদি লৈজরোই।'
'তারোদকো শানোতোন, নয়াপ্‌হং লাইবক চাওবদি
শাম পাঙ্গল হদ্বে অহনগী মতম ওইবনা।
নবদ্বীপ ধামবু পাংহনা লাইনিং পরৈ চেংলুয়গে।
মারজিং নয়াপ্‌হংগা তায়রো, মৈতৈ লৈবাক কহুরো।
জয়বু ওইয়ু শানোতোন শ্রীগোবিন্দনা কুবিয়ু।'
মারজিং মকাদা হায়জক্ক, গম্ভীর নিংবা থুংখিদে
মারজিং কৌবা মাহাক্না পোইরৈ কনকম থোকপনি।
অবাবু থৈনা কাখিবনা য়াথিদবয়নে মাহাক্না?
ওইথোক্লোই হায়নবু নিংবা নিংথৌ মাগী পিবুকহুং।
শরৌ লাঙ্গম শিনবদা পণ্ডিত বাথল চৈরোইনবা।
মেরু লানবা পাবদা পাম্ব কৈরেলওম অথোবা

নর মনাওগা অমতা ওই, য়েক্ল থবাক শোইথগে
মৈতৈ লৈবাক খুন্নিংগে লেপথরেনে পাথোন্না।
মচিন মনাও অনিদো, থাংশাং চিঙ রাশক-ন
ব্রিটিশ মতেং তন লো খুৎলায় চিঙ্গাকীদমক
মণিপুর লেডি শেমখিদো মীরৈবাকী নমদমদা।
অবা তেঙ্গোল অচোবা ব্রিটিশ রাজ্য তম্নকপা
টিলাইন্দি চাংদোন্দা লানবনবু তম্না শাখিদো
মচিন মনাও অনিনা অবা তেঙ্গোল থুগায়হ্ননা
মীপাইজরবা ব্রিটিশ থম্নোয় ঈচিক হুনহনখি।
মচিন মনাও অনিনা মণিপুর লেডি পুহ্ননা
নোংচুপ চা .লাল লানহ্ননা কংলৈ তম্পাক তায়ক্লে।
কোয়ৌ হুনিংকী মশেক্তা উনলেন মপাক্তা তুবগুম
পায় কৈরেল মমাংদা শশি মানা চেনবগুম
অরা' তেঙ্গোল অ:চোবা কায়হ্ননা চেনখি মরৈবাক্তা।
নিংথি তুরেল তোর্বানফাও তায়খিনে অনিনা।
ঈথেঙ পক্লবা থাংশা দো চামথোকখিনে ইচেন্দা।
'সিফাওবা মৈতৈ' নমনি ইপা-ইপুনা পাক্লমবা
লাউথোকখিনে অনিনা, খোংফম নৈদা থীন্দ্ননা।
চীংলেল নোংজ্রেন কোলোয়ন ফম্বাল কায়ে গম্ভীরসিংহ
ফম্বাল তন্ন কাবগা পাথো ওইবা মাহাক্লা
মৈতৈ পোইরৈ খুন্নিংলে, চহি তরেৎ থুন্তাকলুবদগী।
শ্রীগোবিন্দ লেংথোক্লে ময়াং লৈবাক মীয়মদগী
লৈপাক নিংথৌ হোৌনবু চয়া সেবা চৎলকলে।
চীংলেল নোংজ্রেন কোলোয়বা গম্ভীরসিংহ তাবিন্নু।

যাহৃ হৈবা কনানা শিংজা ওইরবা পামেল্গী,
উংকী খুবাম পাগ্গনবা হন্না পামেল হৌহনবগুম
তাউঙ্গিং হৈরাং পানহন্দুনা তাইবং জীবদা পীজবগুম
উফুল তাকয়না মৈত্রবাকপু হন্না মৈতৈ খুন্নিং থিবা
মুংলুম্বা মৈতৈবু অমুক ইতিহাসদা থোংদাহনবা
নিংথৌ সংগী লমনবু মৈতৈ কনানা শীংজম্'নি।
নোংমেন নহাক নত্তনদি পোইরৈ মৈতৈ লৈবাকসে
পোইরৈ কোলোয়বু থমথিনি, মৈতৈ জাতিন্থ মুংথিনি
নহাকুমবা নিংথৌরেল মৈতৈ লৈবাক্তা পানথ্রবা ?

---

# অচুম্বা

অচুম্বনা ঈশ্বরনি, অচুম্বনা জগৎনি ।
অচুম্বা কৌবা মাহাক্না মপুগী মঙ্গল তাকপনি।
অচুম্বা কৌবা মাঙোন্দা থুংলেমগী য়ুমফম ওইবনি।
অচুম্বা লৈংত্রবা হুমিত্তা প্রলয়গী ইচাও ওইরবনি।
তাইবং থুংলেম গৌবদগী ঙসি কোয়রো হুমিংনি।
অচুম্বা মাগী থোৱাইদা জগৎনা য়ান্দুনা লৈরক্লি।
অসি থংনা চংপনা নমু পোংগী মথোনি!
অচুম অরাল থংলবা তাইবং মীগী থোদাংনি।
মীথোই মীতেন কনানা অচুম্বতদা থোদো লি।
থম্মোয় লকা মহুংদা অচুম্বা মাতবু লাংনরি।

# শরৌলাং

তাংজ লিলগী মহুস্
থোইরেন মাগী মমুস্
চুজম হিদাক কয়া লৈ।
লায়েংবা মাইবা রাগুরি।
তৌরাং ফক্তা ওল্লিবা
উনতনা কুল্লবা অনাব'সিস্
অনাবা মাবু লায়েংনবা
লৈবাক মাইবা মরৈরি।
রাকচিং থাগী উল্লেল নং
তাইবং খোনেংনরিবা তিংথোসে
বসন্ত ঋতু লাক্লগা
অনৌবা য়েম্বিং হুনগনি।
রাজ তাংবন্দা ফমলিবা
শক্তি চাউরবা নিংথোসে
তারুরবদি ফত্ত শরৌদা
তুমগদবা নুমিং থুংথেক্লবনি।
তাইবং থুংশেম হৌবদগী
ওসি কৌবা নোং' ফাওবা
শরৌ কোক-ন হিদাকপু
পুথোকপা ওমনরি কনানা।

ইরিক অমতং




## নুংঙাইবা

সনা লুপা লনগৈনা নুংঙাইবা মাবু [illegible]?
য়াঙ্গ তাংবল কম্বনা নুংঙাইবা মাবু থংবরা?
ইস্লি পেন-ন পোংশক্লা নুংঙাইবা মাবু পুরক্লবরা?
নিংবা থুংবা ঙাক্তনা নুংঙাই'শিংদা চল্লরা?
পোকপা শিবা অবালাং লিংপা ঙমবা কনানো?
তাইবংদা মাদোম খোংদাবা মাদোম পোলোয়নখিনি।
মৈতাল মানা রাথৈবদা থুবাক তিংনা হনখিনি।
থুংশেম মাগী পুকৈস্থ নোংমা থমবা লাকখিনি।
উরিবা পোংশক থুদিংমক অরেপ্পা নত্তে উৎকনি।
হৌবা লোইবা নাইদবা মপু মাতনা অরেপ্পনি।
থুংশেম মপুগী মবী থং মাহাক অতৃতনা অথোইবনি।
অশেং' নুংঙাই' হাযবদো মাহাক অতৃতনা ফংবনি।

লোইরবা

---